# কষ্ণবা

৺ তোম্বোচা দেবী

ঐবু পোকপীরম্বী পলেম
মচাগী খনবদা রাজখ্রবী
মশুগী কুম্মৈ উজখিদ্রবী
নোংনা পুন্সি পিখম্লখ্রবী
ইমাগী খুয়াখাদা কচ্চরি
লৎনদনা লোবায়ুকো ॥

নচাগী ঃ

১৯৮২-৮৩ মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমীগী মতেং ফংলবা।

অহিংববু কি

কারতিক মাইবা

# AHINGBABU KI

( a book of 30 poems by Kartik Maiba )




অহিঙববু কি ঃ

অফোঙবা ঃ [illegible]ইবা

অইবা ঃ কারতিক মাইবা

অপুনবা শৈরেং : কুন্থ্রা

কপি মশিং : লিশিং অমা

মমল ঃ লুপা মরি

অহানবা ফোঙবা : নিউ যার্স ডে ১৯৮৩

ফ˴ফম ঃ মণিপুরগী মরুওইবা লাইবিক য়োনফম

অমদি অফোঙবা মশামক

অইবনা থোবুনি

# ৱাহৈ খরদং

—:০:—

মাইবা মাইবী দাক্তর কয়ানা কনবা ঙমদবা লায়নাদি লাই-ৱবগী লায়নানি। লাইৱবদগী হেন্না তমথিবা লায়না লৈত্রবনি। ঐহাকসু লায়না অসিনা নারবা মীশক অমনি, মসিমক্তা ঐবু চিং-শিনবীদুনা ঐগী "অহিংবব, কি" হায়বা লাইৱিক মচা অসি-নতং পুথোকচবনি। কৱিসু লৈত্রবা ঐগী লাইৱিক মচা অসিদা মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমীনা ফোংনবা মতেং লুপা ৬০০ তং পীবিৱকপসিদ হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইজে। অৱাবদি ঐগী হান্না পুথোক্নুনা চে লৈনবা নম্বা হৌনবা এডভান্স পিবসিদা অমুক্তা হেন্না অৱাবা ওইৱে। মবমদি লাইৱবগী লায়না চুৱবনা, হায়জ-রুবদা থাজবীদবা। অতুবু ঐবু মুংশিবীৱম্বা য়াওৱমই লাইৱিক অসি হৌদোক্লবা পৈশা পুজগে হায়জরুবদা য়াবীৱক্লবা ভদ্রলোক অনিখক পুন্সিগী লমন তোনজৱে। ঐগী ইনাওগুম্না তিন্নজবা শ্ৰীনাওৱেম য়াইমা অমসুং শ্ৰীনাওৱেম মুংশিতোন ( কোতো ) অনিগী মতেংদগী ঐবু মীয়াম মরক্তা পুথোকপিৱকপনি।

ঐগী পুন্সিগী সিংঙমলৱোইদবা লমন তোনসিনজৱে।

১। মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমীন' শেলগী মতেং লুপা ৬০০/ পিবীবকপা।

২। য়াইমা অমসুং লুংশিতোন ( ফোতো ) অনিনা হোঁদোক্লবা শেল তে বাংবীরকপগীদমক।

৩। বিঃ আরঃ প্রেস থোঁবালগী মেনেজরনা অথুবা মতমদা পুথোকনবা অরাবা সকক য়াবীবগীদমক।

পুম্নমক্ পুন্সিগী কাউজরোই।

তাং ১০/১২/৮২

কাবতিক মাইবা

তেম্থা।

# থম্মোয়দা ফাওরকপা খন্নদং ঃ

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিদ হান্না থেংনখ্রকুন্নুন "অহিংবরু কি" পুরকখিবস মন্নুদা পাবা মিকুপ্তুদা পি তানা খনখি : ওঝা কারতিক মাইবা ঙসি ফাওবা হিংলমখিগদ্রা? তশেংবনি, ১৯৭১ 'লৈখল খবর'দা ঐথোয়না থ্রনখিবা ওঝা মাইবদু ঙসি ফিবম শোক চন্দ্রপ্রশক মাওত্রে থিবা ফংদ্রে ॥

হিংবা ঙমখিগদ্রা বাখলদা আশবদগী হেন্না শিরবা অহিংবা অমাদ কারতিক মাইবনি—কলম থাত্রি কপলিবাদ মানি অহুনা সমাজবু নোকহনগে থৌরাংবনি—পুন্সি বাথা ভো বী-রামচাঁদ শিনা হিংবনি। সমাজ মাইবগী লাবনানি লাইয শওনি, কবিতানি। হিংবা হৈত্রে নত্রপা হিংনবা হাংনবিতে হিবা হীদি অহুনা থোক্লকই রাক "মু শাশ্বর তোম্লনখৈ অহিং বরা"? অহুগা পাউথুম অশিমক "থাজদে হি লনগান হায়বা!"

লাকওম ফাওমদ্রবা শাফু পীরিবা ছেরে ৩ংগী "অহিংবরু কি" সমাজশিগী চাউরবা থোওনি মশিন উবা ফই সমাজনা

ঙৎপীরবা সমাজ, মীনা মাঙহল্লবা মী; থোপকা থম্মোয়গা শয়দ্রবা রাখলগী অহানবা অমস্তুং অরোইবা খোঙ্গেল অচুনা মতাংচাখিদবনি কল্পনাগী জয় অচুনা ঙইখিবনি কায়রবা পুন্সিশিমক রাফোংদোক ! সমাজশি হোংদ্রিমখৈদি ঐস্তু, লাক্কদবা মীয়োল কয়ানস্তু খোম্মাং-লখিনি অইবগী খোঙ্গেলশিদা ঃ ঐবু হিংলিবরা শিরবরা ? থাজদে হিঙলমগনি হায়বা................অহিঙববু কি। থাঙ্গৈশেংনা কি ॥ কারত্তিক মাইবা সমাজশিগী কাঙলুপ অমগী পুঙফমশিমক্কী মিহুল পায়বা চপচাবা অইবনি ।”

প্রিয়োবত্ত

তাং ১৫/১২/৮২ ইং

সেক্রেটরি

মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা

# অহিঙববু কি

—লৈচল—

# উঁচিগী খোল্লাও

লৈহাও ফৰা চৌকিদা ফম্বা মন্ত্রিহ্রু
মরেংজুম্‌ফাও শুপকৎলহ্রুনা
খোঙ্গ্রাই চন্দুনা চাক্‌ চারি
মথেল লুক্কোয় তৌহ্রুনা ।

মথেলনা মথেল য়াম্‌ইৰা
চাক্‌না চাক্‌ য়াম্‌ইৰা
তংখায় ফাও চন্দে মানা চারিৰহ্রু ।

শিলিং মথক্তা তোংলিৰা
নুপী তরেৎ লোল্লুরবা
উঁচিহ্রুনা
চানিংৰনা মতিন য়োংখি, মন্ত্রিগী চালুক্তু
হায়জবদি ঙম্‌লুদে, মতিন্দমক ময়োংলি

মবুক্‌ হাঙলবা উঁচিহ্রুনা
ফৌকোং তম্বা চঙ্‌শিনলি
তালোয় তরেৎকা লোয়ননা ।

মস্ত্রিনা রার্নিং পিরকই
ক্ষৌকোৎ তম্না পাইশিনলি হরাইমান্দুনা
হরাইমান্না লাকুপদা
উচিদ্‌দু চেন্‌খি,
তালোয় তরেৎকা লোয়ননা ।
লাউরমই; মস্ত্রিদা
চৌকীদগী ওনথরো
ওন্‌বু ওন্‌থরবদি
হরাইমানসু লৈররোই,
হরাইমান্‌বু লৈত্ত্রবদি............ ।
২০/৮/৮০

---

# হিংনবগী লানফমদা

খ্বাইরম্বনগী মীরামলক্তা
পাউনা ৰজারগী মীয়ামলক্তা
নোংমাইজিং চিংজাওনা কুমথরক্তুনা
চপ লেপলরে।
পুর্নিমাগী নুংথিলদা
নুমিৎতা গ্রহন তৌরে।
অমম্বা হিংচাবনা য়োংথরে।
মীয়াম অমা কাইদুনা চেনখি,
ফুরা দলান মরক্তা
হিংনবা লক্ষ্মী থিবদা
গলি-গলিদ চেনবদা।
অমাংবা কয়া নেংলুরে
তুমিন্না তৈথোকখি মথোংদু,
কনা খণ্ডহনদনা।
ৰজারগী নুংনা শাবা শামুদু
মনা হায়র হায়রদুনা
তপ্না-তপ্না মথোং থাংলকই।
পাখংলবা ভৈগ্যচন্দ্রনা
মী শোকলগদ্র চিংনদুনা
শামুদবু ফাজিল্লি।

লিক্লিনা শাবা লাইকদিবীদুনা
মনুংদদি শুমগী শুম ঙাক্তা
মপান্দদি মোয়োন মোমোন
মীয়াম্ মীৎ থকুহনলি ।
হিংনবগী লানফমদ লানথেংনবদা
শুম চাবা থঙহনদে ।

---

# গুহাগী জিব

ঊনা ঊনা ঊথিথে
তানা তানা তাঁথিদে
হিংনা হিংনা শিরে
হিংনা হিংনা মরৈ ককলে
হিংবগী অর্থ লৈতরে ।
অদুবু,
হিংদবদি য়াদবনিনা
শিজবদি ঙমদবনিনা
হিংবা তাই
হিংবগী অর্থ য়াওদ্রবসু ।
অতোংবদা লৈথোনবা
অকুৎপদা লৈতোবা
কুৎলবা মফমদা
পুথি শানা কুৎথরে ।
কাখৎপদি ঙমদ্রবসু
গুহা মনুংগী জিবগুম
অসুম হিংবা তাই ।

চিংদোনদগী লেপলগা
গুহা মনুংগী জিবদু
উরুবদা পিশক পিকৃশিনখ্রে ।
পিকনা পিকনা লৈখিনি,
গুহাদগী য়েংখৎপদা
চিংদোন্দগী জিবুদু
থাপ্পা উরবস্তু
য়াম্না চাউনা উই
অতোংবদা লেপ্পনা ।

---

# অরেং অরেং পুখরে

পাঙলবা হামেংদু
অশিংবা লমজ্জুইদুনা
লরাইদা নেৎলগা চোংখৎখি,
পূখরবা কোমদুদা
হামেংদুনা লৈহৌই,
অরেং অরেং পূখরে ।
কোম্বানগী লৈরাইদু
কাখৎনবা হোৎনবদা
মচি মচি লৌথোকই
হেন্না হেন্না পাকলকই
হেন্না হেন্না লুরকই,
গতি লৈত্রবা হামেংদু
মথনতা শিজখি ।

# অহিঙ্‌ববু কি

ঐহাক পৃথিবীদা লৈ
ঐবু হিঙ্‌লিবরা শিরবরা ?
থাজদে হিঙ্‌লমগনি হায়বা
থাজদে হিঙ্‌লমগনি হায়বা ।
করিসু ঙম্‌দে
করিসু ঙম্‌দে ।
ঙসিদি তাইবঙ মীচু
শাহিঙ চাবা কৈ ওনখ্রে
লোইনা ওনখ্রে ।
থিবোঙ্‌ ফক্তুনা চানরে
শেগায় শেগায় চানরে ।
ঐ করি ঙমই ?
ঙম্‌দে ঐ ঙমদে ।
কৈ,
কৈ ওনবা ঙমদে ।
মীথিবোং চাবদি লায়রহ্নুনা
ইথিবোং ফাওবা য়াওদরে ।
ঐবু হিঙলিবরা শিরবরা ?
থাজদে হিঙলমগনি হায়বা
থাজদে হিঙলমগনি, হায়বা
অহিঙববু কি থাঙ্গৈ শেংনা কি ॥

# ঐবু হিঙ্লিব্রা ?

করম্নো ?
কদাইদনো ?
খল্লু খল্লুবদা লুখ্রেদা
ঐবু হিঙ্লিববা শিরববা ?
অশিবৰু কদাবনো
অহিঙববু কারিনো ?
নুশা খোর হোনলিমথৈ অহিঙব্রা ?
করিগুম্বা অমফাওবা
পাঙ্থোক্পা ঙম্দ্রবা
মী মবক্তা করিসু তৌদ্রবা
ঐব্র হিল্লিববা ?
অহিঙ্বদি রা ঙাংবরা ?
রাব ঙাংলবদি হিঙবরা
হৌজিক্তি রাসু ঙাংহন্দ্রে
রা ঙাংলবসু দঙি,
চৎলবদি অহিঙ্বরা
চৎলুবসু য়াদ্রে
রা ঙাংবসু য়াদ্রবা
চৎলুবসু য়াদ্রবা
হিঙ্বগী অর্থ কারিনো ?

---

# লম্বী

নোংসু থরৎপা লৈতনা চুথরি।
হাংবা লৈতে, অসুম অসুম অসুম,
থরনা হয়াউরি, থরনা তেংথারী।
খোম্লাও অমথ চ্ তাথি মাইকৈ থঙ্দনা
লম্বী শেম্শিলাও লম্বী শেম্শি লাও
অমম্বা মরক্ত্দা, খোংদাকম মার মারতুনা
থুংতা য়োংপাক্ পায়তুনা
মমি য়াওব্রবা শরু পোলাংতুনা
থোক্থি লৈখোম্ মরক্ত্দা।
লৈখোম্তু কোংখোক্ই, হেন্না তারকই নোং
কোলাস থাগে হোংলরুই হেন্না তারক্ই।
থুনাম্ চেত্রবা লম্বীতুদা
মাচম্ ওাকিসার, থাম্রফাওবসি তুথিবা
করম্বা মতমদা লোইশবা
শরু পোলাংনা শেম্বা লম্বেলতু।

২০/৮/৮০

# কনাসু খঙ্ লম্ লোই

পান্দুনৰ্ মতম্ চানা শিরম্লবা
পান্দোৰ কৌরোৰ্ অনিমক্
নুংশিনদবা য়েকবা লৈরমলোই।
নুংশিনদবা য়েকৰ লৈরমদ্রবদি
পান্দোৰ্ কৌরোৰ্ খংনরোই।
খংনদ্রবদি
ভারত লানসু তৌরম্লোই
ফারত লানবু তৌরমদ্রবদি
মারিসু তারম্লোই,
কানাসু খঙ্লম্লোই।

২৩/৭/৮০

# বীচার

খস্রাংচাক্কী মখোংদা
রাইখু কান্দ্রানা চপলুই ।
রাইখু নং করিগী চপলুই ?
কাওবেন যন্না নেৎকে তৌই,
কাওরেন নও করিগী নেৎকে তৌই ?
যনশেন্ নহানা শেন্ বীদে,
যনশেন্ নহা নও করিগী শেন্ দে ?
বুজারীনা চাকৃ থোংদে,
বুজারী নও কারগী চাকৃ থোংদে ?
শীংজনবনা শীং চন্ দে,
শীংজনবা নও্ কারগী শীং চন্ দে ?
নোং চুই ।
নোং নও করিগী চুই ?
হঙোই খোংই,
হঙোই নও্ করিগী খোংই ?
মীয়ামগা য়েংদুনা, মতম লাকৃপগী
খোংবনি.
গা—গো—গো

২৩/৭/৮০

# মঙ ওন্নরে

ওন্নরে ওন্নরে
মঙ্ ওন্নরে ।
মতম অমদা ঐনা ফুরম্বা
ঐনা থোইরম্বা
ঐনা থারম্বা
মীনা ফুরে,
মীনা থোইরে
মীনা থারে
ওন্নরে মঙ্ ওন্নরে,
যৌবনগী ইপাক্তা তাওরম্বা
নুংশি মঙলান্ মঙলম্বা
মঙখিদ্রে মংখিদ্রে
ঙসিগী মংলান্
হিংনবগী লানফমদা
ঙসিগী করি
হয়েংগীনা কদাই ?

২৩/৯/৮০

---

# ঙরাং ঙসি হয়েং

ঙরাংদগী ঙসি
ঙসিদগী হয়েং
হয়েংদগী হাংচিং ।
ঙসিনা খল্লি
ঙরাং হয়েং
হংচিংকীদমক্তদি খরা খল্লি,
নহানগীদি কাউখ্রে,
নিংশিংলুবগীসু থোইদোক্রে ।
খল্লিবদি হয়েংগীনি,
হাংচিংকীদি হয়েংনা খলহৌরগনি
ঙশিবু মসেল্লা থংবীগদ্রা ?
মরোনদি শোয়দনা কাউরগনি ।
নহানগী মথংদু
কাউবগুম ঙসিনা ।

১০/৮/৮০

# প্রলয়

অমদগী অনি
অনিদগী মরি
মরিদগী নিপান
অসুম অসুম্ অসুম্ অসুম্ ।
ইপূদগী ইপা
ইপাদগী ঐহাক
ইচা ইশু................ ।
অসুম অসুম্ অসুম্ অসুম্ ।
অদুদগী শাগৈ
শাগৈদগী লৈকাই
খুঙ্গং ঙ্হৈট
দেশ মহাদেশ
অসুম্ অসুম্ অসুম্ অসুম্ ।
মৈরিক মৈরিকপি
মৈরিকপিদগী মৈজাওবী
অদুদগী খন্দ প্রলয়
মহা প্রলয় ।

১২/১২/৭৯

---

# অঙাওবদুগী চোইরোল

## নোংমা লাউখি অঙাওবদুনা

মন্ত্রি অমগী থোঙাঙ্দা
চাউখ্রেদা মন্ত্রি চাউখ্রেদা মন্ত্রি
অচুম্ববু লোত্তুনা
অৰানবনা চুমহনলে, অরানবনা চুমহনলে
ঐদি অচুম্বা ঙাংবনি
অচুম্ব ঙাংবনি,
অচুম্বা ঙাংবা মীবু ফাববা
ঐসু লাল্লশিরা ঐসু লাল্লশিরা ?
*  *  *  *  *
নোংমসু লউখি অঙাওবদুনা
নুপী !
নুপী নরা লৈতে মীনম্বী
লমফেল্ পাংবী কোম্বীরৈ
"কোম্বীরৈ ব্লুমজ ইভ্নিং হোয়ার"
হা—হা—হা—হা।

হে অঙাওবা, অচুমবা ঙাংলবদি
মীনা ফাগ্রগনি, যুগ অসিদা
যুগ অমনি, যুগ অমনি ।
নমিং উইশিনলু ননা মেনশিনলু
উরবসু উদে হায়য়,
উরবসু উদে হায়য়,
অচুমবা ঙাংবদি অরানবনি ।
নঙদি শেলসু লৈতনা
নেতা শাবা য়ারোই
নেতা শাবা য়রোই
নঙদি খাদিসু শেত্তে
তুপিসু উপ্তে,
দাইরি অচৌবসু পায়দে ।
চুমলবসু লানগনি
চুমলবসু লানগনি ।
কনাস্ত তারোইনে নঙনা লাওরীব
খোনাউদা কংগনি, পাঙ্গলদা রাগনি
ভারাদা তিংগনি পৈশাদি লৈতনা

---

# হুরানবা অচৌবা

হুরানবা হুরানবা হুরানবা
খঙনা খঙনা হুরানবা
উনা উনা হুরানবা
হুরানববু থিরী হুরানববু কৌরি ।
কৌবদা লাকপা হুরানবা
সাহেপ হায়না কৌরগা
সলাম হেক্তা মকোৎলি ।
হুরানবা ওমদ্রবা মীহুৎবুদি
মীথিবোং মীতমবান্,
মশকস্তু খঙবিদ্রে
সলামস্তু কোৎপিদ্রে ।
কৌরুদ্রবা হুরানবা
য়োখোকনা হান্না
থৎলো, ক্যারো
জেলগী চাকথুমদা.... ।
লুখেৎদা মী মচা !

চাউনা হুরীবা কাংবুদি
হুজরোই হুজরোই
হুবীদবা য়াদে হুবীয়ু
হুবীদবা য়াদে হুবীয়ু
সাহেপ্পা হুবীদ্রবদি
কনানা হুবীগনি
হুবীদবা য়াদে হুবীয়ু
হুবীনবা কনা লৈত্রে।

---

# শোরারেনগী অন্নাপুর

তোম্বা চাউবা, তুপ্পা, কালা
চাউনুসু য়াওরি মখোয়গী ভুংক্ৰা
লমজেন তাল্লরী লমজেন তাল্লরী
মমিং উইশিনলি মনাকোং মেন্‌শিল্লি।
পংচেন্দ চেল্লি, পংচেন্দ চেল্লি
লোক্ তাই গীরি গুহা।
লমথুংকমনা কৌক্ৰ চীংদোন্দা
কনানা হেন্না য়াংই তাদে খঙদে
ঐনা হেল্লি ঐনা হেল্লি।
পংচেন্দ চেল্লি, পংচেন্দ চেল্লি।
চাউবা তোম্বা কোন্নরে
তুপ্পা কালা নমনরে
ফিরানদি চাউনুনা পায়রম্ই।
মখোয় ময়াম মমিং খংপাংপাওই
খংপ্রেক খংই লোংনা রাষ্টে।

চাউন্নু মোমোন নোকই
তোম্বা, চাউবা, তুম্বা, কালা
ফুক্ ফুক্ হৌগৎলি
অচুগা
ময়া শিংজং মমিৎ চফুমুকলাও
হিংচাবগী শক্তম লৌরকই
খঙগনি চাউন্নু ! হৌনা লাওরকৃই
পৃথি নিকথি থক থক ।
তানা তানা তাশিন্নদে
উনা উনা উশিন্নদে
অকিবা লৈতনা চাউন্নু
কৌক্রু চীংগী চীংদোন্দগী
কৈরাক থারগা কাথ্রগে
নুংঙাইনা লৈজরগে শোরারেনগী অত্রাপূরদা.
শোরারেনগী তাঙবন্দগী মোমোন নোক্না
য়েংথরক্কে
করম্ তৌরী মর্ত্তলোক
তোম্বা, চাউবা, তুম্বা, কালানা
ওল্লকৃপা হিংচাবনা
মথয়াৎ নামনা শ্বগদা

মথয়াৎ নামনা পংতানদা
নোংমাইজিংগী চীংদোন্দগী
থেকনা লাঙমা পাইরকলগা
চাউনুগী মখোং পায়চুনা চিংথরে
হৈকরাকগী লোংনা, হায়থুরে
থরনা শোয়ৈ ও। নুংশিদা
থরনা ঙাংনৈ তসঃ থঙবরা।

---

# বল অকাম্বী

পিক্লম্বদগী চাউরকপা
চাউরম্বদগী পিক্লকপা
অঙাংগী বল অকাম্বী
খঙ চাউ চাউই,
খঙ পিক পিকই।
নহানদি চাউহৌই
ঙসিদি পিকলমলে,
ঙসিগী অপিকপচুদি উদ্রি
নহানগীচু মীত্তা উরি।
নুংশিং তাদ্রিবা বল অকাম্বী
ময়াম অমা লাক্লগা
হৌরুরি নহানগী'ছদা
নুংশিং য়াঙদ্রে খল্ল দ্রে
উবসু উহনবিংদে
"লাইরেম্না মগুন ঙাকপদা
লফুৎ কাহুনা শিবগুম"
বল অকাম্বী
অমুক্তুং চাউখোকলম্লগা,
শু............ লাউনা হঞ্জিনখি।

# লিলহা মচা

চাউরবা লিলজাও তথক্কুনা
নুংঙাইনা লেংদনা লৈ,
করিস্মু নুংশা থিবাদে ।
ঙসিগী চরা লৈতে থল্লুদে
চরা হেনগনি থল্লুদে ।
পিক্লবা লিলহা মচাদুনা
ঙসিগী চরা থিবদা
হুমাং তাবি ।
হঙোই অমাফাওবা ফংদনা
চরা হেনগদ্রা থল্লা
কোইচেল চেল্লি ।
অদুগা
চাউরবা লিলজাও তথক্কুগী
চিঞ্জাক অমুকস্মু থিরুবা
উপাই লৈত্রবা লিলহাদুনা
মশাগী ফংদনা মাগীস্মু অমুক
চিঞ্জাক ফংদ্রবা লিলহাদু
লিলজাওদুগী থয়াংতা
মথনতা চংলগা শিজখি ।

১২/৮২

---

# চাকখাউ তৎলবা হুই

চাকখাউ তৎলবা অঙাওবা হুই
মপাঙ্গল হেন্না কল্লকই ।
কনাবুস্নু কীরুদে ।
চাকয়াম চাবা হুইজাওদ্
চিকখাইদুনা থমলমই ।
চাকখাউবু হাঙলবদি ... ... ... ।
থুদিংমক লম্বানি লাউরি
মবুক থন্বা হুইশিংদুনা
মাবু উদনবা লোংলি
অদুবু হেকতা উই,
মমিত্তা দুর্বিন থানবনা
কোৎথোকতুনা চাথোকই
মবুক থন্নবা
উপাই নৈতনা নৈহৌই
অনোইবা হুইশিংদু ।

৩১/১।৮২

---

# হিঙনবগী হিঙনবা

তিদ্দিম রোড
কোল্লাশ মখক্তা
য়োংতেক্কা শাবা ইঞ্জিন
থরাই পানবা অমগুম
গ্রুং গ্রুং ঙঙনা চংখি।
মীপুম খুদিং য়েংনখি
ও! ফজেদা।
এ! করিনো?
ফাক্! হায়বা মখোন্
ইকুই কুইদনা গ্রোং গ্রোং
থোংবান্দা তারে গাড়িদো
হৌজিক্তা লেম্নদুনা চংখিবা
মিকুপ অমগী মন্নুংদা
শর্বনাস................ ।
অওনবনা মকোক চাউরী
ড্রাইভরনা পূলিস্তা চেন্নখি॥

২৫/১২/৭০

# ঝারিনি ঝারি

জগৎসে ঝারনি
লঙ্কাগী নিংথৌ রাবন
মণ্ডক থবৎ ককই
অমুক হেক্তা শৌরকই
ককপা লোইবা নাইদ্রেদো ।
পান্দোবকী অর্জুন
মণ্ডক হেক্তা ককথৎলি,
অমা ককথ্রা' অনিনি
অনি ককথ্রা' ঝরিনি
মরিদগী নিপান
অসুম অসুম হেনগৎলি ।
ঙসিদি
অর্জুননা পুমকোই কোইখ্রে
খুত্তা খুৎলাই পাইহ্নুনা
মপু হাংকে তাল্লক্লে ॥

২৫/১২/৭০

# লিলাগী নিংথৌ

ঐ নিংথৌ শাগে
ঐ মন্ত্রিনি
ঐ পূথ.স্বা।
থাঙ পায়রগা মগুং তানা
কনা কনা লৈ
সনায়াথং ।
লাইরবত্তু ফাকরউ
ঐজ্ঞা।
করিগী মীচা লৌরুরী ?
লাইরবা
ঙাকপিগনি, লাইনিংথৌ
ঐাদ লাইরবনি, লাইরবা
হাংকে তুপকে ননিঙনি
রারিদদি তাৰিয়ু।
অসুম অসুম লিক্তখি।
লিবা লোইরে চংশিনখি
লাইরবসু নিংথৌসু।
ঙাইহাক লৈরগা ফিক্তমশেত্তুনা
ভাবুক মরক্তা চংশিনখি।

২৫/১২/৭০

# চিথিখেলা

হাইমা।

তিকেৎ অমথক্তা য়াওজবনি মাঞ্চি
ফাষ্ট প্রাইজ ফাওখে
মরাইবক ফৈদা।

২০/৫/৮২

---

# চাণবীগী মফমদা

চান্নবী,
করম্বা মতমদা লাক্লগবা
নঙবু ঙাইবদা রারেদা
লাবলোগবা চান্নবী
নহাক্না ইনাক্তগী লাপথোকখ্রবদা
লৈবা ওমদে ঐহাক্তী
নহাক্নবু ইনাক্তগী লেংথোক্ত্রবদি
কনাবুসু কীরুদে
শিগনি হায়বফাওবা কাওথোকই ।

করম্বা মতমদা লাক্লগবা
নঙবু ঙাইবদা রারেদা
লাকলোগবা চান্নবী.
সারবা কালেনগী নুংশাদা
য়োৎকী ফুরিৎ লিত্তুনা
নঙবু ঙাইজরি ।
লাক্লরোইদ্রনে নহাকপু
ঐগী নাক্তা লৈনিংদ্রবরনে ?
চংখিনুবা চান্নবী
মীরাইরে থল্লব্রা ঐহাক্না

মীরাইবা নত্তেকো চান্নবী
নুংশিজবনি, নুংশিজবা ।

নঙনা নাক্ত লৈরীদৈও
শকথঙলমই ঐহাকপু
ঙাংবা শকপা তৌরু তৌরুবা
থাজরমই ।
ঙসিদি, লৈয়েং ফাইরে
ঙাংবা ঙমদ্রে, শকথিরে
মীনস্ু তাবীদ্রে ঙাঙ্জরুব থুদিং ।

হলকলো লাকলো চান্নবী
ঙাইজরী অহিং নুংথিল
চাবা থকপা
লাকলরোইদ্রনে চান্নবী
লাকলোগবা নহাকপু
নঙবু ঙাইবদা রারেদা ॥

২৩/৫/৮২

# হৌজিক্তি যুগ অমনি

হুরানবা শংগদবা হুইনা
হুরান্বা উদনবা লোৎলে,
হুইদুবু অমুক্ শংলে ॥
হৌজিক্তি যুগ্ অমনি,
মাংদগী চালুক্ মুন্নরে.
ময়াদগী ফাওবা কোৎনরে ॥
হৌজিক্তী যুগ অমনি'
মীনা কৈ ওনলে,
মীনা ষণ ওনলে,
কৈনা ষণ চারে
ষণনা কৈ চারে
হৌজিক্তী যুগ্ অমনি।

২৩/৫/৮২

# ষণশেন নহা

লমফেল্ পাংকী পাংয়াইদা
লাঙ্গোন্ চীংগী চীংখোঙ্দা
ষণশেন্ নহা থরনা
শান্নরি মরুম্ কোন্ৰী
শান্নরি কৈ-য়েন্।
থরনা নুংশা মরক্তা
ছুমাং তানা ষণ্ থংলি।
ফমজবা ফংদে অঙাংশিংহু
হায়জবা ঙমদে,
মতেং পাংনবা।
কৈ-য়েন শান্নরিবা ষণশেন নহা
ষণ শেনবা কাউথোকুই।

২৫/১২/৭০

# লুহোংফমদা

লুহোংফমদা
কবোক য়েল্লি চাউবনা
অঙাংশিংগী মরক্তা।
মথুং তিংথোক্‌ই ঐগী-ঐগী
অথুংবদুস্‌ অদুমক্‌ নিংগী
মথুং নামা লোৎলগা
জ্ঞান্‌ তাদে চাউবদু
অথুংবনা কদাইনো
থুংবনা কদাইনো ?
পুময়োম য়োমই চাউবদা
নিংবা কায়রবা অঙাং থরনা
লুক্‌মাইদু চিংথরক্‌ই।
তোফম্‌ খঙ্‌দনা লুক্‌মাইদগী
হৈদোক্‌খ্রে কবোক্তু।

পুভ-পুভ নম্নরে
অথুংবসু থুংবরসু
পীকতা পিকপা অঙাংচু
মীয়াম্ চঙ্‌তুনা নেৎশিনলি
কবোক্‌সু ফংহৌদ্রে
মীয়াম্না নন্‌বগী চৈনানে
ইমা-ইমা কৌরগা
মপি তৈথোক্‌ তৈথোক্লা
মমান্নবগী কবোক্তু য়েংলম্লগা
নিংবা কায়না
ময়ুম্দা হন্‌খি ॥

২৩/৫/৮২

---

# ৱারকপা

কালেনগী হুংশাদা
মোৎলবা ঈশিংদা
ইরুঞ্জৈ মচানা ।
মমানা হুংশা থিজৈ নারক্কদ্রা
কাখৎলু হায়রগা
খুপাক্কা থাজিনলি ।
নিংবা কায়খি
অঙাংহুগী আশা
হংগৎপদি ঙমজদা
কপলি কপলি চেনখৎখি ।

২৩/৫/৮২

# মাম্নদ্রবা রাখল

রাখল মাম্নদ্রবা রাখল
খেৎনৈ রাখল্ ।
অমনা নোক্লি
অমনা কপলি
অমনা হরাওরী
অমনা চিন্তা তৌরি ।
তোঙান তোঙানবা রাখলনি
তেগর, গান্ধি, শুভাশ
মীওইবা লোইনা খেৎনৈ ।
মাম্নরমলবা ঙসিগী পৃথিবী
অসুম্না লৈরমলোই ।

২৪/৫/৮২

---

# মনি মতুম

মনি মতুম্,
শুক্লবা মফম, মীনা য়োৌৰঙমদ্রবা মফমদ
লৈরমগত্র থিরুবা লৈরমদ্রে ।
মীনা লৈফম চন্দবা মফমদা
তাহ্না লৈখে ।
ঐদি উরুদে, লৈবদি লৈমানে,
মীনদি হেক্তা খুনাখি ।

---

# হুয়ানবা অমসুং মপু

চাউবনা মপোৎ শঙলি হুয়ানবনা হুদনবা
থারি থোঙজিন মপানমক্তদা মাগী ফমুংদু
অহিং খুদিং তুমদে শঙলি মপোৎ।
নোংমা হুয়ানবা খুৎপু অমা লাকই,
কুফা তোই হুয়ানবা
তুমগন্দবা চাউবনি।
* * *
হুয়ানবগী নাশোন ফংবদা
করম তোগে য়েংনিংদুনা
চাউবা অতুম্বা শাই।
ওসিদি থঙগনি, হুয়ানবা ফারগে
য়াখল তোরী চাউবদো।
* * *
হুয়ানবগী খুৎপুনা
কিশি চাউনা শেৎলগা
খুৎতা থাংশাং পায়রগা
য়ানগদবগী থমকা তৌরী।

ফমুং অত্ত থাংদোকই, মী'নিনা।
ফমুং লেংই করিনো, মমিৎতো,
থর খজিক পাওথোকই।
ঙক্ষশম মপাগী থাংশাংদু
থংউ উরুই চাউবনা
খুদক্তা মমিৎ উইশিনখি,
রাঙাঙ্ড্রে কম্না তুমখ্রে, নাথোকখ্রে।
পোৎ পুখ্রে হুরানবা চৎখ্রে।
কাইনাথঙদা লাওহৌই,
তানবা ফংলবোইদৌবা মতমদা
পোৎ হুখ্রে পোৎ হুখ্রে
তুমলিঙ্গদা হুখ্রে মীকপ
থোবকপদা লৈরমদ্রে।



লাইবগী

পুথোকখ্রবা :

লৈথম খরা ( শৈরেং ) :৯৭:

মখংদা পুথোক্কে খঞ্জরিবা :

শ্রীথোয় ইপুরোক ( বাৰী মচা )

নম্ফম :— বি: আর: প্রেস, থৌবাল।